Y. BISHESWAR'S

# DOWN WITH HEROIN WAR

PAX PUBLICATIONS
PISHUMTHONGKHONG
Post Box No. 8,
Imphal-795 001




*DOWN WITH HEROIN WAR*

*Published by:* **Pax Publications** 1985
**Pishumthongkhong**
**Post Box No. 8.**
**Imphal-795 001.**



*Printed and bound in Manipur (India)*
*by Nimai and Sons Printing Works*
*Paona Bazar, Imphal-795 001.*

*Cover designed by:* **L. Loken**

*Translated into Meeteilon*
*by* **N. K. Sanajaoba**

# লাইরিকাসিগী মরমদা খরদং

খংহৌদবা মীকুপ খরগী মনুংদা মালেম পুম্নমসিবু তাক্লোই তাহনবা ওম্বা নিউক্লিয়ার পরারগী খুংলাই পায়নহনা নিউ-ক্লিয়ার লানগী ফি তাংখনরবা অমদি উংখনবসিদা মালেম তাইবংপান পুম্নমক খরক হুনগংনরি। আমেরিকাগী পীকপ্রবা এতোম বোম ( Atom Bomb ) অনিনা জপানগী চাওপ্রবা হিরোসিমা অমদি নাগাশাকি সহর অনি উং ওইহনখিবগী লাইথুং অমসুং লাইমন মখাক হুসিকাওবা মালেমসিদা কোক্লি। অংগম্বা এতোম বোম অদুদগী শরুক লিশিং লিশিং হেল্লবা অনৌবা নিউক্লিয়ারগী খুংলায় কয়া মশিং খংদনা পৈশিল্লরি। অকন্বা অমদি অহেম্বা তান্নবগা মালেমগী চুপ্পী পায়গে হায়বগী মীকানরবা হিংচাবা লৈবাকসিংনা শিংরিবা নিউক্লিয়ার খুংলায়-গী লাল্লোংনি। অদুনা নিউক্লিয়ার লান অসি খোক্লনবা মালেম-সিগী লৈবাক খুদিংনা থাম্নরি অমদি খেমজিল্লরি। লান হায়বশিদি অচেনবসু চেংজেন অদুগ অত্তানবসু চেংজেন হায়দুনা অমগা অমগা কিনবনিনা খেমজিন-থাংজিনদুনা নিউক্লিয়ার লানদি খোক্লি। অদুগা তাপ হেক খোকদবসু লৈত্রি।

অদুব নিউক্লিয়ার খুংলাইগী লান্দগী হেং তমখিবা কেমি-কেল ব্রারফিয়ার হায়নসু খংনবা য়াবা মেনেক্রেক্স, মোরফিন, হীরো-ইম্নচিংবা হু চেল্লবা চৈদাকশিংগী লান্দা চেকোং কোংনা মালেম-শিগী খুন্নাইশিং শিন-থুংনা লাঙংলক্লি অমদি লান্দারক্লি। ঙেরে খোংজাবীগুম্না মালেমসিবু তুমনা চাথংহল্লকদোরিবা লাল্লোং

অসি কনানা করম্বা লৈবাক্তা শিল্পকপা লানথোংমো হায়বশু ময়েক শেংনা থংনদ্রি । হৌজিক হৌজিকমক মাইয়োক্নদবা মাদ্রবা হীদাকী লাল্লোং অসিগীদমক মালেম শিনথুংনা মীপাইনরি ।

হীদাকী লাঙ্গং অসিগী লাম্বিং অমস্তুং পম্বিং পীতুনা মালেমসিবু অমদি থোক্ইদোক লেম্দোক্লা মী খুজোকমুক্তা ওইবা অপিকপা মনিপুরি খুল্লাইবু কংবগী রাথল পোরম অমা মনিপুর লেজিসলেটিভ এসেমব্লিগী মেম্বর এনঃ বিশেশ্বরনা অপিকপা লাইরিক অমা ইতুনা মীয়ামদা হাকং পাওজেল ওইনা ইতুনা মীয়ামগী মাংদা থম্লি । অতেনবা অমদি অপিকপা লাইরিক মচা অমদি ওইরবস্তু অইবগী অকুপ্পা অমদি মরেপ লৈবা রাথ.ল্লান অতুদি মরু হক্লা ফোংদোকই হায়না লৌজে । লাইরিক মচা অসিনা অপাবশিংগী পুক্নিংদা রাথলগী চিঙ্গাক পীবা অমদি শজু-বগী তেমথেং গৈরদি পীবা ভুমগনি হায়না থাজে । হৌজিক হৌজিক মীয়াম্না মায়োক্নরিবা হীদাক চাবগী লান, অসি মাই পাক্লা লাম্লেংনসি হায়রবদি লৈঙাক রায়েন চুপ্পা পায়রিবা অমদি রাজনিতিগী লুচিংবা ওইরিবা কাংবুনা পুকচেল তীংনা চুমশীন তাশিন্নহুনা লাম্বিং অমদি পম্বিং পীরবতদা মাই পাকপা ঙমগনি অমদি নহারোলশিংগী পাঙ্গল লৌশিং অমদি মতিং য়োকখংহনা তং ডাবা মাঙেম অমদি ফীদম-নিঙাই ওইবা খুমাই শমগংপা ঙমগনি হায়বসি অইবগী চেংনা থাজবগা লোইননা মীয়ামদা থাকংলি অমস্তুং হায়জরি ।

এন: বিশেশ্বরগী ৱাকং অমদি ৱাখল্লোন অসিদা য়ানিংদবা য়েংনিংবা অমদি নামুংনবা রাজনিতি লুচিংবশিং অমদি কররবার ভোৱশিং কয়াস্তু থক্কুম নৈরোই হায়বদি ঙমদে। অহুবু মমা নুংশিবা হায়বসি মচাগী হক্কি। মরৈ য়েংলূনিঙাই অমদি মরম খিগংলুনিঙাই মথৌ তাদে। লাইরিক অসি ইরিবা এন: বিশেশ্বর অসি কররম্বা মীওইনো হায়বসি য়ামদ্রবদা ঐখোয়গী মণিপুরী খুন্নাইদা নৌক্রৌননা শকতাকনিঙাইস্তু ওইদ্রে থক্সে।

মালেম'সিদা পোক্রিবা মীওই খিবিক্কা মাগী মালেম অমদি থোইদোক হেন্দোক্কা মশাগী খোইরিল লীনশাং তাকম অমদি ফম্ফম ওইবা খুন্নাইবু নুংশিকম থোক্কবদি এন: বিশেশ্বরস্তু ময়ামমতুগী মনুংদা অমদি ওইকম থোকই হায়না থাজে।

এন: কে: সনাজাওবা

Pax Publications না অহানবা ওইনা পুথোকচরিবা এন: বিশেশ্বরগী "Down With Heroin War" হায়বা লাইরিক মচা অসিনা ঙসি ঐখোয়গী লৈবাক অমদি খুনাই অসিবু কমথৌরবা ময়াই কয়বা হুদাক হিরোইন অমাদি মোর-ফিনচিংবা ) কয়ানা লান্দারকপগা লোইননা ঐখোয়গী লৌরক্লিবা নহারোল কয়ানা ময়াই কারবা থীদাক্তা লাইচুরকপা ( Drug Adiction কয়াসিবু কনবদা মতে' ওইগত্রা থন্দূনা থীয়ামগী মাংদা লো:দোকচবনি।

লাইরিক অসিদা মপুং ওইনা হায়রে' (Article অহুম হুরি। অহানবগী হায়রেং "নহারোল ১দি মখোয়গী রিভোলুসনগী মথৌনা মরি'জেলবু হাত্তোকপিবা হিরোইন" অসি লানমৈ থানবী" চেকোংদা ইংলিসতা লোংজগ্রবনি।

অনিশুবা হায়রেং অসিনা তাং ১৮।৯।৮৫ দা Manipur Lagislative Assembly Hall দা Assembly Secretariat না শিন-নাংতুনা পাংথোকখিবা Seminar (" Drug Problem- Measures To Curb It ") অতুদা মহাক মশামক্তা পাথোক-খিবা অহুমাকু।

অহুমশুবা অসিনা তাং ২০।২।৮৫ ইংদা পিখিবা His Excelency Governor speech গী amendment speech অহুনি। মসাক্তা ইংলিশনা পিখিবা Speceh অনি ( অহানবা অমসুং অনিশুবা ) অসি পাবদা খুদোং চানবগীদমক্তা ঐখোয়গী লোন্দা হন্দোকচবনি।

অহুগা অমমা লাইরিক অসিবু কোংমবা (পুথোক্লবা) হোংমবদা মতেং পীবিরকপশিংবু Pax Publications না খাগং-চবগা লোইননা তৌবীমল থগৎবা উৎচরী।

N. Bisheswar না Manipur Central Jail দা লৈরিবৈদা ইখিবা "The Last Expression On My Death Bed" হায়বা লাইরিক অসি কোংনবগীদমক্তা হন্দকী লাইরিক অসি ওইকম থোকপা মমলদগী থম্ব হেনগৎনা যোজরে লোইন-লোইননা মীয়ামগী মতেংগ্ নিজরি।

লাইরিকসিগী ময়মদা পিবীরকপা মত খুদিংমক তয়াম্মা ওকচরি।

**Publisher**

# নহারোল অমদি মখোয়গী রিভোলুসনড়ী মখোনা মরিংজেনবু হাত্তোকপীবা হিরোইন।

ঐখোয়গী নহারোলশিংনা মন্নাই কল্লবা অমদি থুগোং-থিনিংঙাই ওইরবা মোরফিন অমদি হিরোইননচিংন্না হীদাক-শিংগী ঈপাক্তা চোংথহনা ইরাবক্লবকপগী চমম্নরবা বাখোক মাইয়োক্লবিংসিদা ঐখোয়গী নহারোলশিংবু কনগদৌরিবনি হায়রনা চোংখোরক্লবা ঐখোয়গী অহনলোন লুচিংবা রাজনিতি তৌরিবনি হায়রিবা মীওইশিংনা হাবী-জাবী শেঙ্গা-থুমজাগী নমথীবা কোমদা চোংথহনা ঈরাক্লহনা লৈরি।

হৌজিক ঐখোয়না উরিবা অমদি থেংনরিবা লাইওং অনি শুরি। অহানবগীনা হৌজিক কন্না শক্তোরক্লিবা মন্নাই কাবা হীদাকতা লাইচুনরকপা অতুগা অমরোমদনা রাজনিতি লুচিংবা-শিংনি হায়রিবা মীওইশিংনা হাবী-জাবী, শেঙ্গা-থুমজানা লাইজোহনা নাবা, মথল অনি অসিনি।

মতাংসিদা, লাইনাশিং অসি করম্না লাইয়েংগদগে হায়বগী বাকম নৈনত্রিনৈগী মমাংদা লাইনাশিং অসিগী হৌরককম অমদি মখোয়গী লাইওংশিং কমদোবগে হায়বসি মরামগী মমাংদা থমজানংঙি।

ঐখোয় পুম্নমক্না হেন্না থংনবিবসিনি, মতুদি, হৌজিক্কী ঐখোয়গী রাজনিতিগী লুচীংবশিংনি হায়রিবা ক্যাংবুশিংসিদা লাইজৌরিবা রাজনিতিগী হাবী-জাবী (Political Corruption) অসিনা খ্বাইদগী তমথীবা লাইনানি। অসিগুম্বা লাইজৌরিবা লাইনা অসি পক্লবা রাজনিতিবালাশিংনি হায়জরিবশিং অমম্তং মখোয়গী কীদম য়াওদবা লীচৎ অমদি লমজিংদগী ঐখোয়গী নহারোলশিং ময়াই কনবা কীদাক চাবা লাইনা অসি পাক শন্না শন্দোরকপনি। মরমদি, অসিগুম্বা কীদম্লিংগাই ওইরবা লুচীংবশিং অসিনা ঐখোয়গী নহারোলশিংগী হৌরকফম থোক্লবা ঈহৌ/লালহৌ নমথবগী অচেৎপা খুৎলাই ওইনা তমথীনা মাংনিংগাই ওইরবা কীদাকশিং অসি ঐখোয়গী নহারোলশিংগী মরক্তা পাক-শন্না চায়শিল্লি। মরম অসিদগী, অতৈ কনাগুম্ব-শিংগুম্না অসিগুম্বা হাবী জাবীদা হালেংবা লৈত্রবা লাইজৌরবা ঐখোয়গী বাখল থন্নবা ওমদ্রবা রাজনিতি লুচিংবশিংগী বাফম অসিদি ঐখোয়গী নহারোলশিংগী বাখোক অসি নৈনরকপদা মুমজিন্নবা অমদি শুন্দোকুনা থম্নবা ওমলোই।

মনিপুর অমদি অৱাং নোংপোক লমদমশিংদা হৌরক্লিবা নহারোলগী লালহৌশিং অসিবু নহারোলশিংনা থবক কংদবা অমদি নিংবা কায়থদগী মরুওইবুনা থোরকপনি হায়না রাজনিতি-বালাশিংনা লৌনরি। অসিগুম্বা বাখল পরীং অসিদা ঐহাক্তি হেক্তা য়াথোকপা ওমদে। মরমদি মখোয়মু য়াওত্রবদি ঈহৌ/লালহৌ মাই পাক্লা পুখৎপা ওম্লোই হায়বসি ঐহাক থাজদে।

পনখোং অমম্মুং পনখৈ ঙাক্না পুক্নিং হুপ্না লানথেংনরিবা লালহৌবশিং অসি করিম্মু নত্তবা নিংবা কায়বা থরদগী লালহৌবশিং ওনথিবা হায়বসি ওইথোককম থোক্কে। লালহৌ অমগী কল্লবা শাফু কয়াবু লেং-ওন্দবমখৈ লেপ্পনা মাইয়োক্লরিবা লালহৌবা অহু মশাগী করিগুম্না নিংবা কায়বা মীওইনা হেক্তা ওইবা য়ারোই। ঐখোয়বু ইন্দিয়া ( India ) মচাশিংনি হায়বসি ইন্দিয়া মচাশিংনা শক খংবীবা অমদি য়াবীবা অমা য়াওদবা য়াদবা ঐখোয়দি, ঐখোয়শে ইশানা হেক্তা ওনশিল্লুবা ইন্দিয়া মচাশিংনি হায়বসি পুক্নিংদা খল্লবা ঙমদে। ঐখোয়সিবু ইন্দিয়া মচাশিংনি হায়না কৌবা তারবদি ঐখোয়সি লোই-চনশিল্লবা অমদি নমথবীরবা ইন্দিয়া মচা কাংলুপশিংনি হায়বসি লৈরীবা কীভমশিং অসিনা ঐখোয়বু খলহল্লি। অতোপ্পা বাহৈ অমদা ফোংদোকপা তারবদি ঐখোয়সিবুদি ইন্দিয়া মচা নত্তবগুম নত্রগা ইন্দিয়া মচা নত্তবা চাওখোক তৌনা লোইননীরি। ঐখোয়না খংলিবদি জাতিগী তিনশিন্নবা অমদি চুমশান্নবা নত্রগা ঐখোয়গী লাইবক লেপ্পী-শাবীবগী মীংদা নোইহৎপীরবা মশীং য়ামজত্রবা কাংবুবু লোইগী লোংউপ্পা উপশীন্দুনা থম্মীরবা রাজনিতিগী চুপ্পী অমদি খুদোংচাবা ফংলিবা মশীং য়াম্বা কাংবুগী খুত্তা চেৎনা থমজিনবা অসিনি। ঐখোয়বু ঙাকপী শেনবীবগী মীংদা ঐখোয়দা লান্দারি অমম্মুং ঐখোয়বু লাংথুরী হায়বসিম্মু ঐখোয় খংদবা নত্তে। ইন্দিয়া মচা (Indianisation) ওইহনবা অহুগা জাতিগী অপুনবা ইচেন্দা তীলহনবা হায়বা থৌশিল অমদি বাখল্লোন

কয়া চাওনা লৌনমগ্রবনো ? মখিবু ভারতমচা ওইহনবা অমদি জাতিগী অপুনবা ঈচেল হায়বগী পাওখোকনা লোই চনশিল্লিত্রা ?

হায়রিবা মথক্কী মওংশিং অসি খনহনা য়েংলুরগদি বাখল লৈবা কনাগুম্বা অমত্তনা মনিপুর অমদি অরাং-নোংপোক লমদমশিংদা হৌজিক পাক শন্না হৌরক্লিবা নহারোলশিংগী লালহৌ/ঈহৌ অহুগা সরকারনদি ইনসরজেন্সি (পেন্দবদগী হৌবা লাল) হায়না খংনরিবা লালহৌ অসিগী মরু-লেনফুদি থবক কংদবা অমদি নিংবা কায়বা হায়বসিনি হায়না রাজনিতি লুচিংবনি হায়রিবা কাংবুশিংনা পুরিবা অমদি পুখোক্কনা পাওখোক্লিবা বাকম করিস্নু য়ারোই (মরা লৌরোই)।

নিংবা কায়বা হায়বসিথক্কনা করিগুম্বা পাক শন্না চাক্লকপা লানমৈগুম্না নহারোলশিংগী লালহৌ অমা ওইরকপা হায়বসি শুকওইমক ওইখোক্লোয়। ওইবদি য়াই অহুবু অহুমক্তি মচাক কয়ামরুমগী মঙ্গুংদা অমত্তং ওইরমগনি অহুগা সরকারনদি ইনসরজেন্সি হায়না খোল্লিবা লালহৌ অমগী মরু ওইবা মচাক নত্রগা লেনকু অহুদি শুকওই ওইবা য়ারোই, নংস্নু নত্তে।

জাতিগী অপুনবা লুপতিন নত্রগা ভারতবাসি ওইহনবা নত্রগা জাতিগী অপুনবা ঈচেলদা চৌংথবা হায়বগী পাওখোক শন্দোক্লগা ঐখোয়বু লাকথুবা অমদি ওৎ-নৈবা অসিনা মনিপুর-থক্কা নত্তনা অরাং নোংপোক লমদমশিংদা লালহৌগী থৗংজমত্রবা লানমৈ চাক্লকপগী মরু লেনঙ্কু ওইরবনি। মীওৎ-মীনৈ অমদি মীহাৎ-মীনৈগী মরমদা নিংথীনা ভাকপী-ভয়ীরবা লোয়ননা মীহাৎ

মীকুপী খুজু-খুৎলাই মতৌকচানা পায়রবা, মীয়াম প্রজাগী পুক্সি ঙাক শেন্নবা লাম্মী সেক্যুরিটিগী মীওইশিংনা লালহৌ নমথবগী লোংউপ তানবা কাউনটর ইনসরজেন্সি ওপরেসন হায়বসিগী পাওথোং শন্দোক্লগা মীয়াম লুপনা ওৎ-নৈবা অমদি হাত্তোক্লিংবদা পংহাংতা হাংপা অসিনা মীয়াম প্রজানা সরকারবু নত্রগা সেক্যুরিটিগী মীওইশিংগী মফমদা য়েক্লবা ওইনা লৌরকপা মরম অসিনা হৌজিক ওইরক্লিবা নত্রগা শন্দোরক্লিবা নহারোলশিংগী লালহৌ অসিগী হৌরককম নত্রগা হৌজিকী চময়রবা রাথোক অসিগী অশেংবা লেনফুনি।

মনিংমখা তম্নবা অশেংবা ইন্দিয়া মচাশিং (ভারতবাসিশিং) গী লূ মপ্পুংদা মনিং তম্বা কংজত্রবা চাওবোক ওইবা ইন্দিয়া মচাশিং (ভারতবাসিশিং) গী মরক্তা থোক্লিব রাথোক অসি রাওই-থওইদবা য়াবা রাফম নত্তে হায়বসি ঐহাক্তি চেৎনা লেপচবনি। ইন্দিয়াগী মনুংদা মতক্তা থোরি থাংলগা হীংলিবা ইন্দিয়া মচাশিংগী মথক্তা থরুম নৈবা অমদি মীহৌ-শাওনিংবদগী থোরকপা নত্রগা হৌরকপা ঈহৌ অসি লান্দবনি, ওইফম থোকপনি অমদি অচুম্বনি হায়না লৌজবগা লোয়ননা মরী নৈনবা পুম্নমক্কুম্ মাবীকম থোকই হায়বসি ঐহাকী রাথলনা চপ য়ুংনা হৌজিকমক লৌজরি। লোয়না লোয়ননা ঐহাক্না ময়ামগী মাংদা থমজনিংবা অমদি সরকারগী পুক্লিং চীংশিন-জনিংবদি হৌদবা য়াত্রবা অমদি হৌরকফম থোক্লবা নহারোল-শিংগী লালহৌগী নৈরী অসি মুতথৎপগী পাওথোং ওইরগা,

থৌজিনবদা হায়বা ইন্নবা ছুইগুম্না ভশীরবা মখুত্তা মী হাংপগী মতীক চাবা খুংলায় পায়রবা লাম্নীশিং হায়না মীয়ম্মা তুজুংনরবা কাংবুশিংনা মীহাৎ মীনৈ তৌবগী তুকংচরবা থৌওং অসি চংথবা শুকচুম চুমদে, শুকতোমক তৌহল্লোয়দবনি হায়বসিনি। মতুগী মতুত্তা ঐনা খঞ্জবা অমদি ময়াবগী বাখল চিংশিঞ্জবগা লোয়ননা তৌহনজনিংবদি বাখোক অসিবু য়োংশুক ভেনশুক পায়রগা নমকুদা নমথবগী মতুত্তা অচুম্বা বাখল্লোন পুখোক্ত্না মাইয়োক্কুরিবা বাখোক অসিমদি বাতেমশিন্নবগী বাখল ময়াম পুম্নমক্কী থৌদাং ওইকম থোকই হায়বসিনি। হৌজিক চংথরিবা মীয়ামবু ( প্রজাবু ) হেন্না থোয়নাং থোয়শাওহন্নগা লোয়ননা লম্মন খুম্মিংবগী থক্কম পোকহনবা থৌ শল অসিগী মতুত্তা মশীংম্বু পংয়াম য়াম্বা নত্তবা সরকারনদি কা-হেনবা কাংবু (এক্সট্রিমিষ্ট) হায়না পাওথোকপা খুজোকুমুক্তা য়াম্বা অসিবু নমথনবা হোংনবগী মীংদা মীয়ামগা য়েনখোনবগী মওং থোরক্কদবসিগী মতুত্তা মওং শেংনা চংথনবনা হেন্না ফগনি হায়বসি ঐহাকনা বামাং য়াঞ্জবত্তনি অমদি তৌহনজনিংবগী বাখলনি। বাফম অসি মণিপুর ওাক্তগী নত্তে, অবাং নোংপোক লমদম অমদি অসিগুম্বা মখলগী বাখোক অমম্বুং লালহৌ নৈরিবা মকম পুম্নমক্তা সরকারনা চথকম থোকই হায়বগী বাফমনি। চিনাদা কানিগী লান (ওপিয়ম বার) হায়হুনা চিনা মচা ( Chinese ) শিংবু পংথহনবগী লালওং অমা শিনথিবা অহুগুম্না ঐখোয়গী সরকারনা লালহৌরক্লিবা ঐখোয়গী নহারোলশিংবু তুকক-তুকাই চলহনবা অমদি পংথ তুকথহনবগীদমক অমদি

মখোয়গী অশেংবা লালহৌ অহূ কাওখোক হয়বগীদমক্তা "হিরো-ইন বার" হিরোইনগী খুৎলায় পায়রম্না চংশিল্লিবা লানগং অসি লেপকম খোকই। মহারোলশিংবু মখোয়গী অহূস্থা অমদি অশেংবা লালহৌবগী লম্বী অহূদগী নাকোইননা চৎহনখিনবা অমদি ময়াই কল্লবা হীদাক্তী ঈরৈদা ঈরাক্লহনবা থৌশিল তৌরোইদৌবনি। ময়াই কল্লবা অমদি মাংনিংঙাই ওইরবা হীদাকশিং শীজিন্নবদগী কাল্লনবা য়াম্না কম্না হোৎনরি হায়নদি মী য়ামগী মীঙ্গা লৌনম উং চাইশিল্লগা মরুংদদি মহারোলশিংদা ময়াই কল্লবা হীদাকশিং শীজিন্নবগী অরোনবা পোৎলম কয়া কাংলী হায়বসিদি হুৎনা য়েংশিনবা মীওইশিংনদি ইখং খংলবনি।

থাঙ্গৈশেংবদি, শামু ময়াঙ্গুম্না চোংখৎলক্লিবা অমদি খিন্দোৎক-শিবা নহারোলশিংগী ঈহৌ/লানহৌ অসিগী বাখল অসি শরক্তা শোইনাইহন্নবগীদমক ময়াই কহবা হীদাক ময়ামগী হু অসি নহারোলশিংদা চাইশিনবগী তুক্কংচনিংই ওইরবা পোৎলম অমা কাংহুনা হাংথুবা অমদি লোংউপ তান্দুনা নহারোলগী ঈহৌ অসিবু নমথবা ওমত্রবদা সরকার অসিগী মাই ওাক্লবা অমদি ইকাইখাং ওাক্লবগীদমক হোৎনরকপনি। মসিগুম্বা পোৎলম অসি থাঙ্গৈমক শেংনা, মরীল চুমদবা, মপুক শেপ্পা লোয়ননা য়াম্না হজোয়নিংঙাই ওইবা সরকারগী থৌরমনি হায়নিংই। সরকারনা নহারোলশিংগী লালহৌ তেমখেং মাইয়োক্লবগী পাম্বৈ অমা ওইনা নহারোলশিংদা/বু হীদাকী হু চাহনবগী থৌশিল অসি সরকারনা পাংথৎপনি।

মীয়ামগী অশেংবা অমদি অচুম্বা লানহৌবু থীংবা অমদি নমথনবগী অভোম্বা লানথোং শিনবা ওইনা মাংনিংঙাই ওইরবা হিরোইনগী লাঙংবা মীয়ামদা হৌরকপনি তশেংনা সরকারগী অচৌবা অমদি ঙাকপীনম থোক্কবা মরাল ওইকম থোকই। সরকারগী লাম্মীনা চংথবা "কোম্বীং ওপরেসন" প্রজাদা খুদোং মায়া থীনিংঙাই ওই। অচুদগী হেয়া শাথিনা প্রজাদা খুদোং থীরিবদি সরকারনা প্রজাগী মথক্তা "হিরোইনগী লাঙং" চংলকপা অসিনি॥

'DOWN WITH HEROIN WAR"

---

# "ময়াই কনবা হীদাক্কী রাথোক অমম্তুং মসি নমথনবগী লম্বী থোরাংশিং"

ওসিগী মীফমসিদা রাতেম তাংবল লৌবীরিবা প্রসিদেণ্ট, থোইদোক্না ইকাই খুম্নজরবা চিফ-গেষ্ট লোইননা মীটিন মীফম অসিদা শরুক য়াবীররবা ইকাই খুম্ননিংঙাই ইবুংঙো ইবেম্মশিং।

'ময়াই অমদি মন্থু কনবা হীদাক শিজিন্নরকপগী রাথোক লোয়ননা মসি নমথননবগী থোরাংশিং', হায়বসি নৈনবগী য়াবা অমদি য়াওজবা ফংবসি ঐহাক্কী ওইনদি থোইদোক হেন্দোক্না লাইবক ফবনি হায়না লৌজে ॥

ঐহাক্কী অহানবা খুংমাজবা রাকমদি অসিগুম্বা মৈরাই কল্লবা রাথোক অসিগী মরমদা মীয়ামগী ওইনা থম্ন-নৈনবগী তাঞ্জা অমা ইকাই খুম্নজরবা মনিপুর লেজিসলেটিভ এশেমব্লীগী স্পীকর লোয়ননা এশেমব্লীসিগী সেক্রেটরিয়েৎকী কাংবুবু থম্মোয় শেংনা থাগৎচরি ॥

রাথোক অসিনা খুম্নাই অসিবু তশেংনা মিপাইহল্লবা অমদি লম্ন্কুহল্লবা তাংফমসিদা অসিগুম্বা মীফম অমা মফম অমদি মতম চানা থম্ন-নৈনবগী তাঞ্জা অমদি খুদোংচাবা অমা ঐখোয়দা পীবীরিবসিমক ঐহাক্কী থম্মোয়সি পেনজৈ অমদি মুংঙাইজৈ লোয়ননা শিনবী লাংবীরিবা থৌশিললোয়শিংবু থোয়না হেন্না থাগৎচরি। মরমদি — ঐখোয়গী পীকপ্রবা ইরমদম্ মণিপুর

ষ্টেট হায়রিবসিদা ঐখোয়গী ইরৈ'চা মীওই মরু ওইনা অমদি অথম্বনা ঐখোয়গী নহারোল্শিংবু মাংহল্লিংঙাই ওইরবা নত্রগা মাংথহল্লক্লিবা মজু/ময়াই কন্নবা হীদাকশিং ( Drugs ) অসিগী Radio-Active গী মৈরী মৈশাদা ক্ষোত্নবা চাকথেক্লকপা নত্রগা চাকথেকহল্লকপগী কীভম অমদি মওং অসি উবদা মখৌ ওইনা মিপাইজবা অমদি য়েংঙমজদবা খুন্নাইশিগী মীওইশিংগী মরক নত্রগা মনুংদা ঐহাকস্সু অমনি। মতমদি থেংমল্লবস্সু মাইয়োক্ল-রিবা রাথোক লাম্হোক অসিগী রাকমগী নৈন-খম্নফমগী খ্বাইদগী মকম চারবা মকমনি অমদি মীফমনি। মতুগী মরমদি, মণিপুর হায়বা, লমদমসিগী খুন্নাইগী অক-নুংঙাই শেম্মু হায়না মীয়াম্না ঙক পায়তুনা ইনথংপীরকহিবা মীয়ামগী মীজুং ওইজরবা ঐখোয়গী মীফম অসিদা রাথোক অসি নৈনবদা মতিক চায় অমদি নৈনবসিদা শরুক য়াবা ফংজবগী খুদো চার্বাস ঐহাকস্সু লৌজরি ॥

ঐঙোন্দদি ঐনা থংজ-উজবদা দ্রগ হায়রিবা মীওইববু মাংহন তাকহনবা ঙম্নবা হীদাকশিং অসি ঐখোয়গী মীংনা উবা ফংবা রেডিও-এক্তিভকী মৈরী (Rays) নি। মসিগুম্বা হীদাক নত্রগা নিউক্লিয়ার শক্তিগী মওং ওইবা হীদাকশিং অসি মীওইববু লেকথহনবা ঙম্বা হীদাক য়োনবা কাংবুশিংনা পুথোরকপনি। মখোয়না মীওইবগী মথক্তা হীদাকসি পায়রগা লান্দারকপসিদি তগুপ তরাইনা থন্দোকপা য়াবা রাকম নত্তবনিনা অসিগুম্না মতৌক মকম চাবা মীফম অসিদা মরীক-মশোল চুম্না থম্নবা মতৌক চায়। দ্রগ হায়রগা ময়াই কল্লবা অমদি জু-গুম্নবা হীদাকী রাথোক অসিগী রাহম্হোক ওইনা ঙসিগী মীকমগী মাংদা

তারিবা রাকম অসি লৌবীকম থোক্লে। মরমসিনা, ময়ায়া কেন্না থংবীরবনি মহুদি হীদাক চাবগী বাথোক (Drug Problem) অসি মালেম পুম্বগী ওইনা কোক বাং চীপহল্লবা বাকম অমা ওইরবনি। অহুবু, পিকথ্রবা মণিপুরগুম্বা ঐখোয়গী লমদম মচা অসিদদি হীদাকসিগী লাইনা অসি থওইনা অমদি অনিংবা অমগা লোয়ননা কনা কনাগুম্বা মীওইশিংনা শন্দোক্লবা হোংনৈ অমদি হোংনরি। অসিগুম্বা মীওইববু পংথ-শুমথহনবা হীদাক অসি মণিপুরদা করম্না য়োকহল্লক্লিবনো হায়বশি হান্না নৈননিংঙাইনি।

চাওর চাওরবা ইন্দিয়াগী ষ্টেটশিং অমদি অতৈ মীরৈবাক-শিংদা হীদাক অসি লীংশিল্লকপা থীংবা ঙমত্রবম্ব মণিপুরগুম্বা লম্বী-থোং মশীং কক্লবা লমদমসিদা থীংবা ঙমকম থোকই। সরকারনদি এক্সট্রিমিষ্ট (Extrimists) হায়রিবা মীওই কাংবুশিং মণিপুরদা লীংশিল্লক্কনবা লম্বী-থোং পুম্নমক লু থুমহুনা থংলি হায়বদি Border Seal কায়হুনা তৌরি। অহুগা চেকশিন্না থীংলিবা অমদি কুংনা থংলিবা লু ময়ামশিদগী মক্তৌ করম তৌহুনা হুগী হীদাকশিং অসি মণিপুরদা লীংশিল্লুনা চংহল-লক্লিবনো লোয়ননা নহারোলশিংদা করম হায়না অমদি কনানা চায়শিল্লিবনো হায়বসি থন্থরুবদা তশেংনা নোক্লিংঙি অমদি রাথোক অসি থওইমা সরকারনা থোকহনবা তৌশিন্নবা থৌরাংনি হায়না হায়নিংঙি।

হেটে অসিবু পুরীবনি হায়রিবা য়েংশিন-উশিল্লদবা কাংবুনা অসিগুম্বা হু-চেল্লবা হীদাক অসি পীক্লবা মণিপুরসিদা ঈচাও

থোকহনবনি হায়দবা ঙম্লোয়। সরকারগী চহী কয়া চংনা তথীহনা মীৎশিং-নাশিংলবা লানমীশিংনা পল্লোন নাইনা শরক হোদনা কোয়না ঙাক-শেল্লিবা লমদমসিদা করম হায়না হু-চেললবা হীদাকশিংসি লৌৎশিহললকপনো হায়বসি থস্থকম থোক্ত্রা? নোক্লিংকম থোক্ত্রা? মরুদি ক্লুক্ত'ত্রগা নত্রগা হোরককমবুদি থীংজগা অসিরাইদা ঐখোয় ময়াম অসিনা তেংথাহনা হীদাকনা নহারোল মাংহনবীরে হায়না তেংথাবসিদি থাঙ্গেশেংনা তৌশিন্নবনি হায়কম থোক্ত্রনে? থাঙ্গেশেংবদি, অসিগুম্বা হীদাকশিং অসি লমদমশিদা চেনশিন ভাওশিললকপা অসি সরকার অসিগীদি মতোল ওইরমাললে হায়না মীয়ামনা থস্থকম অমদি থংকম থোকই। মরমদি সরকারসিনা নমফু-শাফুনা নমথবা ঙমত্রবা লালহৌবা নহারোলশিং অসি মোরফিন অমদি হিরোইন গুম্বা মপানলমগী হীদাকশিংশি চাইথোক্লগা নমথবা ঙম্মী হায়বা রাখল অসি ঐখোয়গী সরকার অসি পুরিবা কাংবুগী রাখল চেল্লি।

মাংলন তাকহনবগী হীদাক চাবা-থকপদগী মনিপুরগী নহারোলশিং মশানা মশাবু মাংহন্নরে হায়না মরাল শীরি অমম্বুং পাওথোক্লি। অহবু অশেংবা অমদি অচুম্বদি নত্তে। মচীন তুমখংলক্লীবা অমদি তুমখংলক্কদৌরিবা লোয়ননা খুন্নাই অসি অমোং অকায় শেংদোকনিংবগী মতীং ফুদোক্তুনা লালহৌ লাক্কদৌবা নহারোলশিংগী মতীংগী মরোল অহু পথহন্নবগীদমক সরকার পায়রিবা নত্রগা সরকার অসিনা মীরৈপাক লমদমগী হু-চেললবা হীদাকশিং অসি মনিপুরদা নহারোলশিংগী মরক্তা অতয়না চাইথোক-চাইশিন তৌনবগী থুদোংচাবা লৌবনি।

কীদমনিংঙাই ওইবা অমদি নে-না তাবা মথুম্রাই অমা শেমনিংবগী রাখলনা লমজিংহ্নুনা লালহৌ/ঈহৌরকদবা মহারোলশিংগী পুক্লিং/রাখল অহু পথ-পুমথহনম্নবগী পোরম অমা ওইনা সরকার অসিনা ময়াই-কারবা হীদাকশিং অসি ঐখোয়গী মহারোলশিংগী মরক্তা চাইথোকই অমদি চাইশিল্লী হায়বসিদি অচুম্বনি। পুক্লিং রাখলবু পংথ পুমথহল্লবদি মহারোলশিংনা মখোয়গী মশাগী অমদি মখোয়গী খুন্নায়গী তুংদা ওইরক্কদবা অমদি ওইকৌগদবা অহুগীদমক মুংনাংগদবা রাখল অহু মুথংপা ঙম্মী হায়বসি সরকার অসিনা খল্লমগনি নত্রগা থংডি। মরম অহুনা অতম্ননা ময়াই কারবা হু-চেল্লবা মীরৈবাকী হীদাকশিং অসি মনিপুরদা পুশিল্লকপনি। অহুগা ঐখোয়গী মহারোলশিংবু পংথহনবনি মরমদি হাবী-জাবী তৌবদা চালেংদ্রবা সরকার অসিগী মাইয়োক্তা অথোবা মহারোলশিংনা ঈকৌ-লালহৌ তৌরকপা ঙমদনবা।

ঙসিদি, ঐখোয়গী লমদম অসে মথক্তা পঙক্রিবা ময়াই কল্লবা হু-চেল্লবা হীদাকশিং অসিনা চাথংলক্লে। মসিগী মুংনাংবা অমদি মীপাইবা অসিনা মরম ওইদুনা হীদাক চারিবা মহারোলশিংগী মথক্তা খুম্নাই অসিনা লাল্লারি অহুবু মহারোলশিংগী মথক্তা লানদারিবা মপান লমগী হীদাকশি থীংনবা লম্বীদি পুমথা থাদোক্লী। হীদাকী লম্বীসি থীংনবা পম্মোং ঙাকপদি সরকার অসিনি। মহারোলদা তাইনফম থোকপ্রা, পম্মোং ঙাকপা সরকারদা হান্না তাইনফম থোকপ্রা হায়বসি মীয়ান্না খন্থবীফম থোকই ঐখোয়গী মহারোলশিংবু লান্না লমজিংবীরে

হায়বা লালহৌব কাংবুদগী কপহৌনবা কন্না হোৎনরগা অসি-গুম্বা হু-চেন্নবা হীদাকশিংগী লায়নাদগী কন্নবা করিগী সরকারগী লানমীশিংনা হোৎনদবগে হায়বসি হংকম থোকপা ঱াহংনি।

ঐখোয়গী লানমীশিংনা ইনশরমেন্ট হায়না সরকারনা খংন-কৌনবশিংগা লাম্বেংনবগা লোয়ন-লোয়ননা মীয়ামগী য়াইফ থৌরাংদা লেম্না হীদাক য়োনবা, কোয়ন চন্ড্রনা অহোংবা মমলদা অচা-অথক য়োনবা, খুঙ্গংশিংদা নহারোলশিংগীদমক শান্নবুং-নচিংবা কন্নাম্লু শেম শাবা ঐখোয়না উরে। ঐ ইশামক্রুদি মসি তশেংনা থাগৎনিংঙি।

অহুম্নমক্তি ওইরগা ( শান্নবুংশিংহুদা শান্নগদবা ) ঐখোয়গী নহারোলশিংবু ময়াই কললবা হু-চেলপবা হীদাকশিংনা মখোয়গী শিংলি নাওরি অমদি মতৌং-মথৌনা চাথৎহললীবা অসিদগী কন্নবা হোৎনবগী লাঙ্গং চংকম থোকপহুদি ঐখোয়গী লানমী-শিংনা নাথৈহুনা লৈথোকপগী মওং ঙ্ক্ষই। হীদাকনা নহা-রোলশিংগী মথক্তা লান্দারিবা অসিগী মাইয়োক্তা মীয়াম্না লাম্বেংনরিবা অসিদা ঐখোয়গী লানমীশিংনা মীয়ামগী মতেং পাংনিংদে। অহোয়নহুম মখোয়না নাকোয়ননা মীয়ামগী মাই-য়োক্তা হায়রিবা হু-চেলপবা হীদাকশিং অসি পুশিললকই অহুগা ঐখোয়গী নহারোলশিংগী লু-য়াং অমদি পুন্সি কেমহনবদা মতেং পাংশিল্লি। মথক থোংবা থৌদাবা ওম্বশিংগী ঈঙ্গিৎ অমদি থৌইনশিলমক নত্রবদি করিগীদমক্তা লানমীশিংনা খুম্নাই মীয়ামগী লাম্বেং অসিদা তেংবাংকম থোক্তবগে হায়বসিদা ঐহাক থস্তুদবা

অমদি ঙক্তবা ঙমদে। মীয়াম্না পুনর্নিবা অমদি লৌনরিবা রাখলদি হীদাক্কী রাথোক লাক্লিবসি খুন্নাইরোল অমদি শেল-থুমগী কীভমশিং হায়বদি খাইবুং-খাইবুং তারবা ইমুং-মন্নুংশিংগুম্বা, নিংবা থুংলবা. থবক ফংদবনচিংবা মঙং কয়াসিদগী নহারোলশিং হীদাক্কী লান্দাকম ওইরকপনি হায়বসিনি।

ঐহাকনা পুজবা রাখলদদি অয়াম্বনা পুনর্নিবা মথক্কী মচাকশিং অসিদি খনগং লৌখংলুব্রবস্থ য়াম্না মকক মনাও ওইবা মচাকশিংনি হায়বসিনি। মনিপুরগুম্বা পীকপ্রবা লমদম অমদি মীশিং খুজোকমুক্কা লৈবা লমদমসিদা নহারোলশিংগী লালহৌ/ ঈহৌ সরকারগী রাইহদা ইন্সরজেন্সি হায়বসিবুদি থেংনবা ঙয়গা করিস্থ নত্তবা হীদাক্কী রাথোক লাপ্লোক অসিবুদি করিগীদমক ইরায়-লায়না লাকথ-তেমথবা ঙমদফম থোকপগে হায়বসি ঐহাক্কী রাখল ওইনা ময়ামগী মাংদা থমজরি।

বিহারগুম্বা ইউ, পি গুম্বা অমদি মৈধ্য প্রদেশকুম্বা রাথোক লানথোকক্কী লাম্লেংগীদমক শেম শাদবা টেটশিং অসিদদি হীদাক্কী লাঙং অসি ইরাই লাইনা মাইয়োক্লবা ঙমদবা য়াই। অদুগা মীরৈবাক্কা লমখৈ লোয়রবা ওইবগী মথ ক্কা সরকারনা ইনসরজেন্সিনি হায়রিবা কনাবুস্থ লীংশিল্লকপা য়াদনবা খুরক হাংদনা ঙমখৈ ঙাকপা লাম্নীশিংনা পস্লোং ঙাক্লিবা, লোয়ননা মীয়াম প্রজানা হায়রিবা মথলগী হীদাক্কী লাঙং অসি লাম্লেংননবা খু-শেন্দুনা লৈরিবা পীকপ্রবা মণিপুর অসিদদি হীদাক্কী থোংদাফম লৈত্ত্রবনি। মরম অদুনা, ঐনা হায়জনিংবদি, অওই অতম্বনা অমদি থম্নোয়

শেংনা হোৎনরবা অমদি লাম্থেংনরবদি হীদাক্কী বাথোক অসি লায়না থুপচীন তেমশিনবা ঙমগদবনি।

মরম অদুনা পুন্নমকসি শেক্তোক ফাক্তোক্কুনা য়েংশিল্লুরগদি হীদাকী বাথোক অসিদি থুম্নাইরোল অমদি শেল-থুমগী কীভমদগী হৌরকপা থৈরিনি হায়না মীয়াম্না লৌনবসি চুম্লোয় অমদি চুমদবনি হয়বসিনি। মতুগী মহুত্তা বাথোক অসিদি রাজনিতিগী বাথোকনি হায়বসিনা হেন্না চুমগনি। অদুনা ইচুম চুম্না বারেপ-নফম থোকপদি লমদম অসিগী হীদাক বাথোক (Drug Problem) অসিদি অঙম্বনা থোকহনবা বাথোকনি নত্রগা থোকহন্দবা য়াদবা বাথোক অমনি হায়বসিনি।

নৈনরীবা বাফম 'করম হায়না থীংগদগে' হায়বসিগী অনিশুবা/মথংগী বারোলসি নৈনক্রিইঙদা ঐখোয়না হায়রিবা হু-চেল্লবা খুদোং থীনিংঙাই ওইরে হায়না খংলবা হীদাকশিং শিজিন্নরিবা নত্রগা ঐখোয়বু হীদাকশিং অসি পীজরিবরা হায়বা অনি অসি হান্না শেংনা খংদোকহৌফম থোকপনি। বাথোক অসিগী বাক্ক অসি হনগায় খোগায়দুনা ইয়েং য়েংদনা বাফম অসি নৈনবসিদা শরুক য়াবীরিবশিংগী মরক্তা অয়াম্বনদি ঐখোয়না হীদাক অসি ঐখোয়না শিজিন্নজবনি হায়না খন্ন লৌনবীবা য়াই। কীরেপ অসোমদা য়েংলূরগদি 'বাথোক অসি কমদৌনা নমথগদগে' হায়বসি খন্ন-নৈনবদা মতিকচাবা অমদি নৈমনিংঙাই ওই হায়না লৌবীবদি য়াই। অদুবু বাথোক অসিগী বাগ্নং হুংত্তা কুপথনা য়েংশিনবা তারবদি ঐখোয়গী মাংদা তারিবা অমদি নৈনগদৌরিবা

'কমদোনা থীংবা নত্রগা নম্মথগদগে', হায়বা ৱাফমসি মরীল ইহৌ হোবা ওইগনি। ঐখোয়গী পুক্লিং ৱাখল অসি শেন্নানা মাথৈহন্নবা অমদি শোইরোমহল্লগা অকবা অমদি পরীং খোয়দবা খুন্নাই অমা পুরক্তনগীদমক্কী হায়হনা। পংথ-লেকথহন্নবা হৌদাক অসি ঐখোয়দা মীজ-মীথকপনি হায়বসি থংন-য়ানবা ওইরগদি/ ওইরবদি 'measures to curb it' 'মসি মমথগদবা পাৈৱশিং' হায়বা মরীল হোবা ৱাফম অসিগী মহুত্তা 'মাংনিংঙাই ওইরবা হু-চেন্নবা হৌদাকশিং থাবশি লেপহন্নবা পাৈৱ/লন্দীশিং' হায়না ওংথোক্লগা নৈন-থগবনা অচুম্বা ৱাফম অমদি ৱাহন্থোক ওইগনি। হৌদাকী মরীদা অকি-ভুজুং পোক্লিবসিদগী কোক্ল-কন্নবা লাহেংনবগী ভরাই-ভগোকপা ৱাখল অমদি খোরাংগী মহুত্তা ঐখোয়বু লেকথ-পংথহন্নবা অতম্না হৌদাকশিং অসিবু মীজ-মীথক তৌরিবসিদগী ঙাকথোক কনথোক্লবা লানহৈ-লানথেং অমা তৌবনা হেন্না চুমগনি।

মপান্থোংদা উন-তানরিবা অসিঙাক্কা মত্তবদা ঐহাকনা থঙ্করিবা অসি সরকারনস্তু থংনা ৱাখোক অসিগী অশেংবা ৱাক্ল-লেন্স্ক অহ থংবীকম/য়াবীকম খোকই হায়বসি ঐহাক্কীদি মকপা অমদি শেপ্পা য়াওন্নবা মওংদা হায়দোক কোংদোকচবনি।

ঐগী good intention দি সরকার ১সুং ময়াম প্রজা তুনা mobilise তৌহনবা অস্নিনি। অস্নুয়া Phenomenon দা থাজবা তোক্লুনা reality দা থাজবা হায়বসিতনা হৌদাকী solution হায়বদি মণিপুর ১সুং মণিপুরগী মহারোল কনবা চুমগনি।

হীদাক চাবগী মাইয়োক্তা মসিবু খীংনবা রায়েনলোন (anti-Drug laws) গী মতাংসিদদি ঐহাকনা অসুম হায়না ময়ামগী মাংদা থমজনিংঙি মহুদি ঐখোয়গী নহারোলশিংনা হীদাক চাবগী লাইনাদা লাইচুবদোনা ঐখোয়গী লুচিংবশিং অহুকী মতীক হাবী-জাবী শেঙা থুমজাদা লাইচুরিবমখৈদি হায়রিবা রায়েনলোন অসি মখো য়াওদবা থাংজমগনি লোয়ননা মসিদগী ওইহল্লক-হল্লিংবা মহৈ অহু কংবা ঙম্লোই। ঐনা হায়জরীবসি মতুংদসু ময়াম্না হেন্না উবীরক্কনি/খংবীরকখিনি।

হু-চেল্লবা হীদাকী লাঙ্গং অসি খীংনবগী লানবন ওইনা এণ্টি ড্রগ এক্ট ( Anti Drug Act ) অসিগী লাম্বোং অমদি লানবন অসি চেংনা ঙাক্কুনা ঐখোয়গী অনিংবা অহু থুংশি নত্রগা পাংথোকশি হায়রবদি খুগ্নাই মনুংশিদা ঐখোয়গী লুচীং-বশিংদগী থোরকপা নত্রগা শন্দোরকপা হাবী-জাবী পুম্নমকী চাগোক অমদি নাঙগোকক্কম ওইরিবা রাজনিতিগী হাবী-জাবী ( Political Corruption ) হায়বা হাবী-জাবীগী শবী/থপী অসি হাগ্না লোইশন থমজিনকম থোকই। মসিনি ঐহাক্না ময়ামগী মাংসিদা মরু ওইনা থমজরিবা রাকম অমদি।

ঐখোয়গী মালেম তাইবং পানসিবু মাংহন তাকহনবা ঙম্বা থুংলায় পাঙ্গল অনিগী মনুংদা নিউক্লিয়ারগী লান অমদি হৌজিক ময়াম্না নৈনরিবা নিউক্লিয়ারগী ময়াক্কুম্না কল্লবা মোরফিন অমদি হিরোইনচিংবা হীদাকশিং অসিনি। নিউক্লিয়ারগী ( মিংকুম্নদা মাংহন-তুমহনবা ঙম্বা পাঙ্গলগী ) লালওং অহুগা

নিউক্লিয়ারগুম্বদগী চেম্না শাথীবা হীদাক্তী ( মোরফিন/অমসি হিরোইনগী ) লালওং অনিশিনি। লাজোং মথৎল অনি অসিগী- দমক মালেমপুম্বনা তশেংবা মীপাইনরিবা বাকমনি।

মালেমপুম্বগী ওইবা বাকহৎদদি, মাংহন-তাকহনবা ঙম্বা নিউক্লিয়ারগী ময়াক অমম্তুং মপাঙ্গল চেন্নবা পংথ-লেকথহনবা হীদাকনা মীওইবগী মথক্তা ফোংনা লান্দারক্লে। লান অসি হৌজিক তকশীল্লক্লি। অদুগা অমরোমদনা থাঙ্গেশেংবা নিউক্লিয়ারগী লাণ্দি হৌজিক কাওবা থোক্তি। অদুনদি ঐখোয় খন্থসি মথক্তী খুৎলায় অনি অসিগী মন্নুংদা তশেংনা ঐখোয় মীওইবদা অকিবা পীরিবসি করম্বনো?

মালেমগী ওইবা মীপুম/মীটিন/বারেপ্পচিংবা কয়াগী বাকং অমদি য়ানবা কয়াগী পাম্বৈনা অশেংবা নিউক্লিয়ারগী লাণ্দি থীংব অমদি থোকহন্দবা ঙমলী। অদুগা চৈরকসিদা অকী-তুজুং- নরবা হু-চেন্নব হীদাক্তী লাম্হোক অসিবুদি ঐখোয়না অয়োইবী থাদুনা ফন-কম্না হোৎনজরবস্তু থীংবা ঙমদ্রে। অদুনদি হীদাক্তা ঐখোয়বু মাইথীবা পীরে হায়বদি হীদাক্তা ঐখোয়গী ইথক্তা লান্দারক্লি। লালওং অসি ঐখোয়না থীংবা অমদি মাইয়োক্নবা ঙমদ্রে হায়বসি ঐখোয় য়াবা তাই। অদুগা অমরোমদনা নিউক্লিয়ারগী লাঙ্গং অমম: ঐখোয়বু মাইথীবা পীরগদবা মতমদি লাপ্পা লৈরি।

মরম অদুনা হীদাক্তী মথুক্তা লান মাইথীরবা ঐখোয় মীওইবশিংনা অকীবা ফংলবা হ'দাকশিংগী মাইয়োক্তা 'মাং

তাকহনবা ঙম্বা হীদাকশিং অসিগী মরমদা মীয়ামশিংনা খংহনবা' হায়বা খুংলাক্রসি পায়হনা অকনবা লালহৌ অমস্থুং লাঙংনা হীদাকশিং মাইথীবা পীবা তাবনি।

মালেমসিবু মাংহন তাকহনগনি হায়বা ঐখোয়দা অকীবা লৈবদগী নিউক্লিয়ার লানবু ঐখোয়না থীংবা ঙম্বগী অশেংবা মরমনি। অমরোমদনা হীদাকশিংনা অশেংনা মীওইববু মাংহনবা ঙম্বগী খুদোংথীবসি খংন উনরবদি হীদাকশিংগী লাঙং অসি ঐখোয়না থীংঙম্বোইদবগী মরম লৈতে। নিউক্লিয়ার লাঙ্গাও অমনা তাক-তুমহনথিবা অমস্থুং মতংগী মখা তাবা অমাংবা ময়াম অহু উংপা 'মথংগী ভুমিত্তুদদি' ( The DayAfter ) হায়বা নিউক্লিয়ার লাঙ্গাও অমগী ফিলম অমনা নিউক্লিয়ার লান অমনা মাংহন-তাকহনবগী অকি-তুজুংহল্লু-না মালেম পৃথিবী পুম্বগী মীয়ামগী অপুনবা মত/হাখল অমা নিউক্লিয়ার লানগী মাইয়োক্তা পুরক্লবা হোংনখি। অদুবু হীদাকশিংনা মালেম শিনথুংনা লান্দারকপগী চীরবা মতমসিদদি 'The Day After' হায়বা ফিলমগী মহুত্তা 'হীদাকী মতুংদদি' ( The Drug After ) হায়বা হীদাকশিংগী ফিলম অমনা মতৌক চাগনি চুমগনি । ( অসিগুম্বা ফিলম অসিনা মালেমসিদা হীদাকশিংদা মীওইবশিংনা ওইহল্লক্লিয়া অমদি ওইহল্লকদবা কয়াহু থুকংহল্লুবা মীয়ামগী অপুনবা হাখল অমদি মত শেম্বা য়ানবা )। হীদাকশিংনা লান্দারকপা অসিবু মাইয়োক্লসি হায়বদি হীদাকশিং অসিনা মীওইবদা মাংহন-তাকহনবা

কয়াম ওয়গে হায়বসি থংহন-উহনচুনা মীয়ামবু চুজুং-মাথুংহনগা পুম্না চংশিনহনবা লানগুং অহুভনা অচুম্বা ওইগনি।

হোয়, ঐখোয়গী বায়েনলোনশিং, শেল থুমগী অমদি লৈতাক-লোন অমদি রাজনিতিগী পোরম শেমদোক-শাদোক্রবা/তৈনপানরব-শিংবু মৌনা খুন্না লৈতাহন্নবা, অমদি পুক্রিং-বাথল লোয়োমহনবা, চংকম পীনবা লৈবাক্কী অমদি মালেম পুমগী ওইবা থাক্তা শেমগ-নবগী অয়াংবা খোংজং থাংজিনবসু থোইদোক্না তংগাইকদবনি।

অদুম্মদি ওইরগা, হীদাকশিং অসিনা মীওইবদা চাথংলিবা লোইনন হেন্না খুদোং থিহল্লীবশিংগী খুদোংথীবশিং থংহন উহনবগা লোইননা হীদাক শিনা মাংহন তাকহনব ওয়গী অকিবহু থংহনব লোইননা হীদাকশিংনা ঐখোয়গী ইথক্তা লান্না-রক্লিবা লানগুং অসি থীংদোক-তাকখোক্লবা পোরম সিনবগী তঙাই ফদব মাই ওনকন খোকতবগী তঙাই কদবসি মীপুম তিংনা মালেমগী মীয়ামদা থংহনবা তাবনি। হীদাকশিং অসিনা ঐখোয় মীওইবগী ইথক্ত লান্নারক্লা মাংহন-তাকহনলীবা ১দি চুংদা ঐখোয়গী মালেম সিনা ওইরকদবা হজোক-চুজুংলবা ফিভমশিং অসি থংহন-উহনবা তাবনি। হীদাকনা তারকপা লান অসিনা ঐখোয়বু মাংহন-তুমহনলি, ঐখোয়দা নত্তন ঐখোয়গী চুংদা শরথহৌগদবা মীয়োলশিং লোইননা হৌজিক ওইরিবা অমদি চুংদা হোয়রকদবা মীয়োলশিংগী মরোল চোংকম ওইবা ারু-লেমহু কাওবা শায়দত্তুনা কেমহল্লি। হীদাকশিংগী লাইং অসিদি তাথনবা খুনাই/জাতি অমদি অথমবা মীওই থরদংগী

